# ধর্ম্ম চর্চ্চা

শ্রীসূর্য্যমণি শর্ম্মা



কোংজবা :—

কে, রাই, শর্মা



অহানবা কোংজবা

১৯৯৬ ইং

কোপী—১০০০

মমল—লুপা ৬৫.০০

নমম :—আর, কে, প্রিন্টর্স, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

# বক্তব্য

নচাগী থমোয় লকাদা জ্ঞানগী বলম পায়দুনা ধর্ম্ম সংস্কৃতি অমদি লৌকিক সংস্কৃত ভাষাগী শব্দমু য়েকপীরম্বা ইপা ইবুঙো খোবাল নিবাসী স্বর্গীয় পূজ্য পণ্ডিত শ্রীশ্রী কোংব্রাইলাংপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা ব্যাকরণরত্নগী থুম্না থম্বাল থাদা,

অমনা

পোকপা পোক্তবা সাগৈ গোত্রগী খেন্নবা ব্রাহ্মণ চৈতন্য মরুপ ওইবগী প্রেমগী মরিদা ব্রাহ্মণমচা অমনা শাস্ত্রগী জ্ঞান তানবদা মতেং পীবা হায়বসি অথোইবনি খনবীদুনা নবদ্বীপ ধামদা চহি মরি বিদ্যাধ্যয়ন তৌজবদা অচঙবা থর্চ্চ পুন্নমকী অরুম্বা ভার লৌবিখিবা ইপাইবুঙোগী চান্নরবা মরুপ ইখুড়া ইবুঙো শ্রদ্ধেয় স্বর্গীয় শ্রী লাংপোকলাকপ চাউয়াইমা সিংহ খোবাল নিবাসীগী থুম্না থম্বাল থাদা নচাগী "ধর্ম্ম চর্চ্চা" সি কচ্চরি।

তোল্লবা নচা

তাং ২৭। ৯। ৯৬ ইং

শ্রীসূর্য্যমণি শর্ম্মা

# প্রশংসা পত্র

শ্রীকোংব্রাইলাপম সূর্য্যমণি শর্ম্মা গী ''ধর্ম্ম চর্চ্চা'' সিদা হিন্দুগী বেদ, শাস্ত্র, মনু সংহিতা, শ্রীমদ্ভাগবতম্. গীতোপনিষদনচিংবা লোয়ননা অতৈ জাতি কয়াগী শাস্ত্র কয়াদগী কোতৈষন অমসুং শ্লোক কয়ামরুম নিংখিজনা নৈনবিরি। পীকচরবশু মহাও লৈবা লাইরিকনি হায়জনিংই।

ঐখোয় জাতি পুম্নমক অমতা ঙাইবা পৃথ্বী মাতাগী মচা ঙাকুনি। ইমাগী মতমম্পাক্তা চাউজবনি অমসুং মতম্পাক্তা শায়জবনি। ঐখোয় পুম্নমক ভগবান অমতগী মচানি। অচৎ চত্ত্ব জীব পুম্নমক ভগবানগী প্রেম-ধর্ম্মনা পুল্লিবনি। মফম অমসুং হুবা মুংশিং খেৎনবগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তি লৌঠুনা তোঙান তোঙানবা লোন অমসুং মিয়েংদা য়েংজবতনি।

মফম অমসুং মতমগী অওনবা কয়া লাকখিবা অমদি কলি যুগকী প্রভাব কয়া লাকপনা ধর্ম্মবু নৈনবা ব্রাংথরকপা অমসুং কাওশিল্লকপা নোংম নোংমা হেৎগৎলক্লি। মরম অদুনা পৃথ্বীদা শান্তি কাইথরক্লি। মীওইবগী মুংদা শান্তি লৈতনা ইমুংদা, কৈরোল-লৈকায়দা, সমাজদা, লৈবাক্তা অমসুং পৃথ্বীদা শান্তি লৈরোই।

মসি খিংনবগীদমক মীওইবগী জাতি থুদিংমক্তা ধর্ম্ম বিচার তৌবা তাবনি। ইমা, ইপা, ওজা, গুরু. ইচিল ইনাও অমসুং ইচল ইচেম পুম্নমকপু অমতা ওইবা মুংশিবনা পুন্দুনা হিংমিন্নগদবনি শাস্ত্রগী মতু' ইন্না তপস্যা, মুং পাল লূনা থম্বা. ঙাকপিহৈবা অমসু' অচুম্বা ইশা ইশাদা থম্নবা হোৎনবদা ধর্ম্মগী লাইরিক অমসু সংস্থান কয়াগী মতেং লোবা তাবনি। ঐজ্ঞাবু থাগৎচরি। মতুংদ অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোকপীরকনি হায়না আশা তৌজরি মসিগীদমক্তা শ্রীরাধাঃকৃষ্ণগী চরণদা স্তুতি তৌজরি।

ইম্ফাল — এঃ লালমণি সিংহ

তাং ২৭। ৯। ৯৬ ইং — উরিপোক, ইম্ফাল

ভুতপুর্ব্ব উপশিক্ষা নিদেশক, মণিপুর সরকার

# শুভ কামনা

শ্রী সূর্য্যমণি শর্ম্মানা পরায় হকচাং য়াউনা "ধর্ম্ম চর্চ্চা" কৌবা মতিক মগুণ লৈরবা লাইরিক অসি থৈদৈঙ্গুদোন্দা ইথোকপিরে। শর্ম্মাজীগী হোৎনজমন অসি করম্মা মীয়ামগী মফমদা য়ৌহন্নসিগে খনজবদগী ঐনা কন্না হোৎনদুনা ছাপা নম্মদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকচরে। লাইরিক অসি হিন্দু-ধর্ম্ম চৎপা মীদ নত্তনা অতৈ ধর্ম্ম চৎপশিংনসু নৈনবদা কান্নগনি খনজে। লাইরিক অসিদা জীবনা হেক মরু লৌনবদগী শিব ফাওবগী চৎনবদবা লমচৎ পুন্নমক নৈনরে। শিববা মতুংদা কবি ওইগনি ঈশ্বরগী মখয়দা কন্না চংজনি হায়নচিংবা নৈনরি। মসিদসু নত্তনা মীনা মপোকপগি ফংঙমদ্রবা মপোকনি কর্ম্ম পোক্তনি হায়বা অক্লি। জ্ঞানযোগ, ভক্তিযোগ কর্মযোগ তৌবদা যজ্ঞগী মহিমা কদায় ফাওবা লৈবগে হায়বসু নৈনরি। অসিগুম্বা লাইরিক অসি শর ফেন্না ইথোকপিরনবা শুভ কামনা কৎচবি

কে, য়াইমা শর্ম্মা,

সম্পাদক

ধর্ম্ম পাওজেল

ইম্ফাল

তাং ২৭।৯।৯৬ ইং

# তৌবীমন খণ্ডবা উচ্ছবা

লাইরিক মচা অসি কোংবা ওমদনা কুইনা লৈরুরে। এগী স্বরূপ ধর্ম্ম পাউজেনগী প্রধান সম্পাদক শ্রী কে, য়াইমা শর্ম্মনা অয়াম্বা অচৌবগী দায় লৌবীদুনা কে'ণবীবগীদমক শ্রীকে, য়াইমা শর্ম্মাগী শিংবা ওয়রোইদবা লমন অমা তোনসিঙ্গরে খঙ্গবগা লোইননা শ্রী শর্ম্মাগী মকমদা তৌবিমল খণ্ডবা উচ্ছবি। অতোপ্পা য়াফম অমনা লাইরিক মচা অসি ইবা হৌবকপদগী হৌনা উৎসাহ পীবীবগা লোয়ননা প্রেসদা থাজিনবদা খুৎলোইনববা হায়দুনা অমুক হন্না ইথোকপীদুনা মতৌ পাংবিখিবা এগী ইন্নো ওইমিন্নজবা শ্রী এম, মনিহার সিংহগী মকনদসু তৌবিমল খণ্ডবা উচ্ছবি। হাত্ত

কৃতজ্ঞতা জ্ঞাপকঃ

তাং ২৭। ৯। ৯৬ ইং

শ্রীসূর্য্যমণি শর্ম্মা

# বাহৌদোক

ধর্ম্মগী বিষয় অসি য়াম্না অরুবা অমা ওই। বিদ্বানশিংনা অস্সুম্না ফাওবা হায়নৈ মত্তুদি, হৌজিকী মতমদা ধর্ম্মগী অশেংবা ব্যাখ্যা তৌবা ঙম্বা মীদি তাওনা থোকনি। তোল্লবা ঐদি ধর্ম্মগী মরিদা লৈরিবা পাক চাউথ্রবা শাস্ত্রশিং অসিগী জ্ঞানস্তু ফাংজরবা মীওই নচ্চদে। তোনবদগী তোল্লবা পঙবদগী পঙলবা হায়বস্তু ওইজবনি। অবস্থা অসিদা ধর্ম্মগী মরিদা করিগুম্বা থরা ঙাঙথোকপা নত্ত্রগা ইংথোকপা হায়বনি বিজ্ঞ পাঠকশিংগী মফমদা চাউরবা দোষ অমা লৌশিনজবনি হায়না লৌজে। অথোম্বা য়াদম অমনা ঐনা হৈজবা লোন্দগী ফংজরক্লিবা ধর্ম্মগী পিকপদগী পিকথ্রবা লৌশিং মরিক অসিস্তু মওং তানা হায়দোকপা ইংথোকপস্তু হৈজদে, অদুগা ফংজরিবা লৌশিং মরিক অসিগা চুমনা চৎচবস্তু ঙমজবা মী নচ্চদে। ফিভম অসিদা বিষয় অসিদা ইবা হায়বসি বিজ্ঞ পাঠকশিংগী মফমদা অচৌবা মবান অমা ওইগনি হায়বগীস্তু কিজবা মীশক্লি। অদুন ওইনমক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সাগৈগী শিনফম তমদি-পিতৃদেবনা ধর্ম্মদা লুপ্পা অদুগা মরক মরক্তা পিতৃদেবগী নাত্তাক মুংশিবীদুনা অহন বিদ্বানশিং, ইশৈ শেবা ওঝাশিং, লাইরিক হায়বা থীবা পিতৃদেবগী মরুপ মপা শিং লেঙবীরক্তুনা ধর্ম্মগী চর্চ্চা তৌনবনা চিংবশিংদু তাজরুবদগী থমোয়দা ধর্ম্মবু চেৎনা থাজবা পোকচরকখি। ধর্ম্মগী মরিদা কনাগুম্বনা ফাগি জোগায় তৌবা-